কোংজবা :




অইবা মশা ( এম: আইং খান )
খোমিদোক ইপুম মপাল

অহানবা কোংবা ঃ 2000 August
কোপী মশীং --- ৫০০



[redacted]

মমল –
লু: ২০

লাইরি ফংফম - ইম্ফালগী মরুওইবা অ·উট বুক
স্টোলশিংদা ১নং অইবগী যুমদা ।

মখুম – আর: কে: প্রিন্টিং প্রেস
পাউনা বজার, গোভর্নর রোড, ইম্ফাল ।

# "ঈপুন-পাৎ" কী মরমদা

ইনাও এমঃ আই থাঁগী "ঈপুন পাৎ" কৌবা শৈরেংগী লাইরিক অসি ঐগী মরূপ মহম্মদ অবদুল সলাম শাহনা পুক্রুনা পারে খুৎই ওইরিবদা, লাইরিক অসি ইতিহাসক সাগোম্লবা ওইনা ইরি। ঈপুনগী ঈশিংনা ইরোং তুরেন্দা পুল্লবা, মাগী নাচী-হৌরককম ঙাক্তুনা ইবনি। নিংথৌ পামহেইবগী মতম ফাওবদা চৌংদগী ঊজাও. ব্রাজ.ও, কয়া পুথরক্লগা হরিনা তুরেন্দগী ঈপুনগী লাইরম কাওরগা (তুরেল ওইরিবদা) ইম্ফাল তুরেল তারক্লুনা সনা কোম্বং মৌরকখিবগী বা য়াওরি। ইম্ফাল তুরেল থৈদোকখিদুনা তোঙাম্না পাৎ অমত্তা ঈশিং পুনক্ম ওইনা লৈরে হৌজিক্কি, মসি থুরাই পানাগী খোমিদোক অমম্বং কোনসন লৈকাম্নগী মরক্তা-লৈবা পাৎনি। মতম অমদা পাৎ অসিদা উচেক মথল কয়া চাক্তাম্নমই। পাৎ মপান্দা হৌবা উপাল সিংদা জীব-কয়া কাইদোংলমই। ঙারাকপী, হরিদোং-মাং, খোইমু লাংমৈদোং সেম্বাং; ঈসিংদা লৈবা ঙাশিং-ঙমু ঙাক্রা, উকাবী, হঙোইনচিংবা কয়া ময়াং কায়না লৈরম্বগী বা য়াওরি। মখোয় অসিনা পাৎকী ফজবা হেমগৎহল্লমই। অদুবু হৌজিক্কি কনানম্ব য়েংশিনবিদবদগী পাৎ অসিগী ফজবা মশক মাংখ্রে অসিগুম্বা মম্বরক্লবা, কায়থরক্লবা ঈপুন পাৎ অসি ঊক্লবদা থম্মোক্ত সোক্লা তেংথাজবা শৈরেংগী লাইরিকনি। (মসিদা হুইবনা তাংকক মচা মচা কুনমরি খোক্লা ইরি)।

অদুনা কবি অসিনা তৌজিকী মীওইশিংদা ঈপুন পাংকৌ-দমক পিজিন্দুনা মাগী মতিক মগুন খাসে হায়না হায়রি :—

লাও লাও য়েংশি লাও
ঈপুনগী শৈরেং হৈশিলাও
মশক মগুন তাকশিলাও
কোর্বাক মাঙদা থমশিলাও
লৈয়াংগী লৈশিং থাশিলাও
ঈপুন হৈমাগীনি উৎশিলাও।

( ৭ সুবা মচাং )

মতম অমদা পাৎ অসিদা হিয়াং তানখি। লৈরাংদ মী-য়াম্না লীক্লাং সিনথুম্না কোয়খি। লৈবাকী অচম অথো কন্নাসু শিংয়েং তানবিখি। অদুবু মখোয়না মমিংদ ওইনা হিয়াং য়েংলমই। ঈপুন পাৎ শেমগৎনবদি হোংনবিরমদে। হিয়াং লোকৈ-গা লৈকায় অনিগী মরক্তা ঈপুন মদোম তংক লৈহৌই। মসিদ কবিন পেঙদে। অদুম পাংৎসি শেংগক্নুনা তাইবংদ মচাস লৈন লোনশি হায়না লৈথারি :—

লাও তৌজিকনু লাও
নৌ পাংখিসি লাও
তৌ হায়গু লাওথিসি।

( ১২ সুব মচাং )

য়েনখৌ ভূগদি ঈপুন পাঙা তাখিরজনা মীতৈ অমসুং মীতৈ পাংগল জাতি অনি অসি হুংসি চান্না লৈমিন্নরমই।

অদুবু পাং অসি মাওসিন্নকপগা লোয়ননা জাতি অনিগী মরীসি মাঙখিগদরা হায়না অইবনা চিংনবা ফোংদোক্লি :—

অরৈ লৈত খায়দনা
শিদ হিদাক পীনরম্বা
অবৌবা য়াওম্না মাঙখিদৌরে।
( ১৩ সুবা মতাং )

পাং অসিবু ঈপুন কৌখিবগী মরমদা ইরি—
হৌজিক লৈরিবা পাংসিগী
মরায় মক্তদা ঈ-পনখি
ঈফুং ওটনসু ফাওরমই।
মতমদুদা মিংথোল পীবিখি
ঈশিং পনফমনি হায়দুনা
ইপন্দগী ঈপুন কৌনখি।
( ১৭ সুবা মতাং )

"ঈপুন পাং" হায়ন হৌজিক কৌনরিবা মিং অসি কুইদ্রি। অহানবদদি কৌরমদে। পাং অসি খুমাই লমদমগীদ নত্তে। লৈবাকসিগী অপুনবা পাংনি। মসিগীদমক ঈ-মাই তানদসু অইংসিনা পামজদে। অমানবা রাখল থাদোক্লুনা পুম থোরক্নুনা অসিবু সেমগৎসি হায়বা মতাংদ ইরি:—

মপুংলাংগী ঈ তাদস
ঈপুন মাদি পামজবে
... .. ... .. .... ... ...

খোয়খা লিমখা থাদনা
ইমাগী মগুন হাপসি
হাপ্পগী পেনবা নাইরোইদা।

( ২০ সুব মতাং )

থায়না নিংথৌ পাম্নিঙৈদসু, নিংথৌনা পাং অসিদ ভাগী খোঙ্গুল লিবিরকখি, কোনসম অমুথোই কৌবা মুপা অমনা থিঙেন থিংবগী লময়ানবনি। অসিগুম্বা বারী অসি অইবা অসিন থিজবিংই। মরম অতুন ঈপুন পান্তা হওোই বোরোবীনা খোংব তাবদা হংলি—

কুমগী নোং কৌবদা
পাংকী শৈথাসু যাওবরা
অমুক্তা হায়গু পোরোবী
নমদা নচা পোরগা
ঈপুন চেকয়া থুংবনু
ভাউরিবা ইতিহাস খুল্লিবয়া ?

( ১২ সুব মতাং )

অয়োইবদা, কবি অসিনা ঈপুম পাংকীদাক করিসু তৌবা ওমজদে। অতুব পাংসিগী মরমদা মান থরদং শৈথাজবসি সাহিত্য মন্দির মমুংদা থবীবু হায়না ফাইবং মপুদ হায়রজে :—

ননাইবু ঝায়োবিনু হে মপু
করি ওমজদে ঐদি
নীংথিবী ইমাবু লেমহনবা

( V )

খুবাম থম্রবসু হন্নাওনা

সাহিত্য মন্দিরনুংদা হস্নীয়

ভাংলবা থৌজানগী চন্দুনা।

ইবোপিশক নো'ংথোম

মেম্বর, রাইটরস ক্লব, মনিপুর, নম্বোল

লাইফ মেম্বর, সাহিত্য পরিষদ

বিষ্ণুপুর ব্রাঞ্চ

# "অইবগী মরমদা"

ঐগী ইনাও ( লৈকায়গী ) এম: আহৈ: খাম্বা ইবা শৈরেং চবুন "ঈপুন পাং" থুংই ওইনা লৈরিঙেদা পাক্তরে। ঐদি হান্না মমাংদা মঙাক্না ইবা শৈরেং রাগ্রেংনচিংবা অনুক্না থেংনজদ্রি অদুবু চন্দক মাগী অহানবা ওইনা ইবা লাইরিক অসি পাক্রগাদি ইনাও অসিবু থাগৎপা ঙমদে মরমদি "ঈপুন পাং" মীয়াম্না ঈপুন হায়রগা খঙনরিবা পাং অসিগী শ. থু উপরগা কাহৈখিবা চৈনা-খোল অহুমদি মতেক শেংনা উংলবরা নৈংই মরমদি মঙাক্কি থুংই অসিনা ঙাকপনি। ঈপুন পাংকী মরমদা ইতিহাসকা শাগোম্নরকপা মচাক মখল কয়ামরস্মু কুপ্ন খিজিল ঙনচিংনা খোমজিন্নগা সাহিত্যগী লৈচল এইনবা হোৎনদীদ্রকপা ঐগী ইনাও অইবা অসিবু হন্না-হন্না থাগৎপা ঙমজদে। মঙাক্না হাংনজদ্রক্রিবা অসিনা ঙাকপদি মহাক মতুংদস্মু অসিগুম্বা সাহিত্যগী পোথোক কয়ামরুম খিজিল্লককুনা লাইরিক কয়া ইরকখিগনি হায়না থাজৈ. মপুনস্মু উ.হনথৌবা এইসন্নু। অদুগা মহাক্কি চন্দক্কি "ঈপুন পাং" কৌবা শৈরেং চবুনগী লাইরিক অসি শৈরেংগী লৈচল ঙমদবা অমদি নাংহে বাজানচিংবা ফজদবা কয়া য়াওরবস্মু মহাক্কি অহানবা থুংই এইবনিনা অপাবশিংনা নচা-ননাওনি, মরুপ মপাংনি খন্না ঙাকপাদগা লোয়ননা ইপুনগী শক্তস্মু সাহিত্যগী শেম্পাক্তা হাপ্না

পুখোকপীরকপা অহৈবা অশিবু মীয়াম্না মথুং পইহুনা লমজিং লমস্তানপীদুনা সাহিত্যগী মন্দিরমুংদা চঙজবা ওমহবীসনু।

তাং ১৬-৬-২০১০
খোমিদোক

অব্দুল সলাম শাহ
সেলেক্সন গ্রেড লেকচরর
সি: আই: কোলেজ,
বিষ্ণুপুর।

# ৱাহৈ খরা

থুরাই খোমিদোক্তা লৈবা এম: আই: খান হায়বা ইনাও অসিনা য়ুমদা লাক্লুনা ঈপুন পাংকী মরমদা অতোবা অথেঙবা ৱারী লৈরগদি থম তাহনবীয়ু হায়না হংলবদগী ঐনা তাহৌবা ৱারী খর লিখিবি অদুগা পাকল লমচিং লেংল লাইলম লাইরেক খরসু লৈ হ য়না খুমখি। মতুংদগী ইনাওসিনা ঈপুন পাংকী অরমদা লাইরিক অমা কোংগে হায়না হাররকপদা ঐনসু কোংখো তায়না হায়খি। অদুগা মাগী অহৈবা অহু পুরক্লগা মত খরসু ইবিয়ু হায়বদগী ইকখিবনি অদুগা লাকন লাইরেক অমসু পিজজখিবনি। ঈপুন পাং অসি সরকারনা ১সুং আর্কিওলোজিনা মিংয়েং চিংশিনবীয়ু হায়না হায়জরি।

চিংতম রেলিস এক মৈতৈ সনা লৈবাক কংলা য়ুমফম, থবান থা ( ২৯/১৯৪৭ ) থুরাই থুমফমলেন এক সলাই লাই-লাইনিং ওাক সম্ব থৌপুহুপকী সিন্নমেম্বগী রাম্নোল থনফমলেন অসিদা লৈরমলিবা লাইলম অসিবু কোংবা ইরোং ইপুন পাং হায়নমু খঙৈ, খস্তা অহানবদগী লৈরক্রবা মালেম পাফল ওইবা হমচিংদগী ইথেক মথেক ৭ থেক্লগ্নগা শচিবা কাওদুনা লাইগা কংলা নোংলৈম্বু থেংগু-নমলোল চাংগী অরাং অমসুং নোংচুপ-লোমদা চংগ্রিবা লাইরম অসিনি হায়না অহল্লবনশিংনা তাক পীরম্মী। ইপুন পাং লাইরম অসিবু করম ত্তৌনা ইরিল তুরেল ১সুং হংগেল. ইম্ফাল তুরেল কাওনবগী লম লৈরমলিবা করিশিনো রাহং. কুমশক ১৪৮৪-১৪৮৭ ডা পালবা নিংথৌশিংগী ফংগা রারী অরাং চিংশাংদগী হি পুথরক্তুনা কংলা য়োনবা পুরকপদা মোংয়াম্বনচিংবা নিংথৌরোল ( মথক্তা ১সুং মথাদা পানখিবা ) করা অমনা তুরেল অনৌ কাওনবা তুখুল তৌখিবনি হায়না থম্বীরম্মী। ইপুন পাং লাইলম মাংকদ্রবা মিংনাইবা পাংনি। ঈপুন পাংপু থংনবা তাক্রমলিবদি মালেমসিদা লৈরিবা লৈপাক লৈপাক খুদিংনা লাইরম লবী লৈরমগনি। হয়না তাক্রি মহুদি লাইসিগী মমিং ৩৬৫ ওগ্নিবা ওনবা ঙম্বা চিংনৈ থামৈ মায়হনবা কোম্না পাথংবা খুননিংথৌ কৌমি হায়না ঈপুন পাং তাথোকপম, তাপৈথেন মাংকৈবী ইমৈ হায়নমু খঙৈ। ঈশিংদা ঈমৈ লৈরবদি ডা মাংতি হায়নৈ। ঈপুন পাং অসি কংদনবা

শোক ১৯৪৮-৪৯ দা কোন্‌সম অমুথোই কৌবা পুকচেন চাউবা ইপাহুনা মীয়ামগা লোয়ননা পদ অমা থোনবীরম্মী।

তাং ১৫। ৬। ২০০০ ইং

কোন্‌সম ইবোবি মঙাং
এক সলাই লা· নিংথৌ
ঙাকসেনবা সিন্নবা থৌপুবা
খুরাই কোন্‌সম লৈকাই।

# রাহৈ খরদং

ঐগী মরুপ এম: আই: থানগী "ঈপুন পাং" কৌবা শৈরেংগী লাইরিক মচা অসি থুংহৈ ওইরিবৈঙদা পাক্তরে। মসি থোম্মিদোক অমদি কোন্‌সম লৈকায় অনৌগী মরক্তা লৈরিবা মীয়াম্না "ইপুন" হায়রগা থঙনরিবা পুখ্রিওই পাংএই তৌবা অসিগী হাম্না কৌনম্বা মমিংদা থোন্দুনা পাং অসিগী ইতিহাসকী ওইবা রাকম কয়াবু থিজিন-হুনজিন্দুনা ইতিহাসকা শাগোম্নহুনা ইবা মাইওইনা তৌই। পাং অসিগী মাঙখ্রগদবা রারী কয়াবু থোমজিনবীরক্তুনা সাহিত্যগী শাগোন্ননা লাইরিক ওইনা পুথোকপীরকপা অইববু থাগৎতবা ওমজদে।

অতুগা ঐগী মরূপ এম: আইঃ খান সাহিত্যবু কলাবু পামজবা মীশক্তি। মহাক্না ইবা শৈরেংশিং লুংতিগী ফোংবা মনিপুরি পাত্তাচে মতম অমগী "ফ্রী-প্রেস" নচিংবগী সাহিত্যগী কলমদা য়াওখ্রে, লোয়নন্না এঃ আইঃ আর ইম্ফালগী সাহিত্যগী প্রোগ্রামদা মশানা ইবা শৈরেংশিং মশানা পাখোকখ্রে। মসিতসু নত্তনা মহাক মনিপুরি করালি সোংনচিংনসু ইবা মীশক্তি, মহাক্না ইবা করালি সেংং রাগিম করালি পাটিনা টি, বি, দা প্রোগ্রাম কংজুনা মীয়ামদা তাহনবীখ্রে।

অতুগা মহাক্কী হস্তক অহানবা ওইনা পুথোরক্রিবা লাইরিক "ইপুন পাং" অসিদসু মহাক সাহিত্যবু পানজবা সাহিত্যগী সেবা তৌজনিংবা মীশক্তি হায়বগী মরেক লারবা থুদম কযা উবা ফংই। লাইরিক অসিদা পাং অসিনা খোমিদেক অমদি কোকসম লৈকায় অনীগী মরক্তা লৈতুনা লৈকায় অনিগী শৈরোলবসু মসি থুরাই পানাগী মরুংদা তোথিল ওইনা তাখিবা, মনিপুরগী ওইনা লেমজনবা মফম অমনি। মরম অতুনা মসি লৈকায় অনীগীতা নত্তনা মনিপুরগী ওইনা পাং অসিবু অইবনা মীয়ামদা শক-তাক্লিংজি। লোয়ননা পাং অসি মনিপুরগী ওইনা লুংনাম সাহিত্যগী মচাক গুনা য়াওরবা পাং অমত্তমা অইবা অসিনা উরি। মতম অমদা অরাম্বা মফম কয়াদগী উচেক-রয়া কয়ানা পাং অসিদা চাক্লোরক্না অমদি মথল কয়াগী পাম্বীনচিংবা হৌই হায়না সাহিত্য ওইনা শৈথাহনা উরি। অতুগা ইতিহাসকি

ৱাফম ওইনা ছাপ্পা পাং অসি লাইরম মখিল ওইনা লৈরম্বা, মীংদগী উজ্জাও-ৱাজাও কয় তাওখরকখিবা তুরেলগী ঈচেল খায়রক্কুনা তিল্লকম ওইরম্বা. মখল কয়াগী ভানচিংবা লৈরমহুনা নিংথৌ পল্লিরৈদা নিংথৌনফাওবা তাং.য়ংবা লাল্লম্বগী ৱারী কয় য়াওরি। অদুগা অনরোমদা অনুক পাং অসিগী নাক-য়েস্তা খুন্দাল্লিবা মনিপুরি মুসলিম অমদি মৈতৈশিংনা অরৈ-লৈত কয়া তাংথোক তাশিন তৌনহুনা সুংশি-চান্ননা লৈমিন্নরম্বা অমদি তুরেলগী ঈচেলগী খায়রকয়দু খিভেল থিংবদা মীয়াংগীদমক মথৎতাই কংথিবী "থম্বাল" কৌবী পুকচেল চাওরবী চুপী. অসিনচিংবা ৱারী কয়াবু খোমজিনবীরক্কুনা ইবা এগী মরূপ এম: আইঃ খানগী "ঈপুন পাং" কৌবা লাইরিক অসি ইতিহাসিক ওইবা, সাহিত্যিক ওইবা শেংরংগী লাইরিক্কি, থং কাবৎনি হায়বদা হান্নমনবা থোক্লোই মরমদি মীয়ামনা পাবীরগা খঙগনি।

অরোইবদা ঐনা থাজে মহুদি ঐগী মরূপ এমঃ আইঃ খান মতুংদমু লাইরিক কয়া ইথোকপীরক্কুনা মীয়ামগী অমদি সাহিত্যগী সেবা তৌবীরক্কনি হায়না, লোয়ননা মপুনমু তমহনবীবা ওইসমু।

তাং ৫ - ৭ - ২০০০ ইং
য়ুমশকৈশা

মুহম্মদ ইসলামুদ্দিন
খোমিদোক ইপুম মপাল

# অইবগী রারোল

"ইপুন পাং" কৌবা শৈরেংগী লাইরিক মচা অসি ইরু-খিবদা থোইদোক্লা অরা অনা তাইবং মপুনা য়াওহনবা নিংদে। পোশক অমা ওইনবা হোংখনবদা পাংলবা ঐনা শক্লনবা মতম খর চংখিবা নত্তনা।

ঐনা লাইরিক অসিবু ইজরুবগী মরমদি খাংবিদোক অমত্তা কোক্লম লৈকায় অনীগী মরক্তা লৈবা ইপুম পাং অসিগী ইতিহাসকি রারি কয়া লাইশ্রথবা অহল্লমন্দগী ভাজিক্রোইদ, মসিনা মরম ওইরগা পাং অসিগী রারিশিং অসি মাংখ্রগদবা চিংনদগী হেক্ত-হৈতনা পাং অসিগী হান্না কৌনরম্বা মফিদা খোংনন শৈরেং ওইনা খর ইজখিবগা লোয়ননা রারীশিং অসিবু লাইরিক ওইনা কোং-ফুনা মীয়ামদন্থু থত্তহন্জনিংখি। অদুবু ঐহাক্না অজ্ঞ ভোবা রারীশিং অসি তশেংনা চুম্নবরা-চুমদ্রিবরা অমুক খণ্ডনিংবদগী লাইরিক অসি ইবা লোয়রগা অমুক হন্না হৌজক-হৌজিকমক তিংদুনা লৈরিবা পাং অসিগী হৌবকপগী রারী কয়া খন্ডবা অহনশিং মিং ওইনা পনজরবদা - কোন্সংগী ইয়াম্বা ইবোবি, লাইরেঙ্গাপমগী পাবুং নত্রাবোৎ, লাইরেম্বাদপমদগী প বুং অমু ইফমগী ইপল জলাল (মাইবা), অমসুং থাইদেম মুনাল, চাচা সমেদালি (টেলর মাসটর) নচিংবা অহলশিং অসিদা অমুক চত্তনা রারী

অহুগা লাইরিক অসি নম্বদা প্রেসকী ইচিল ইনাওশিংনা ব্লোক শাবদা খুদোংচাম্বগীদমক তরু-তমাম্না শিন্দে কপিবা অমদি বনানগী মতাংনচিংবা কয়াদা চেক তৌবীখিবা সাহিত্যবু পামজবা সাহিত্যগী ব্রাথলস্তু চেননা ঐগী মরুপ মুঃ ইসলামুদ্দিন হায়রিবা মরুপ অসিগী লমমস্তু ঐগী পুন্সিদা তোনশিল্লরে।

লোয়ননা লাইরিক অসিবু খুৎহৈ ওইরিবদা পাবীমু অদুগা লাইরিক অসিগী মরমদা মত অমমতংগা ইবীমকউ হায়না হায়জক্রবদা মশাগী অচিনবা কয়া হুন্দোকখ্রনা হল্লাং-হল্লাও লৌবীদুনা পাবিরগা মত ইবিমকখিবশিং ১ দি অফা অফবা পাউতাক কয়া পীবিরকখিবশিং মিং ওইনা পল্লদা ওজা অব্দুল সলাম সাহ, ওজা ইবোপিশক নোংথোম্বা, তাদা কোজম ইবোবী মহাং, মরু মুঃ ইসলামুদ্দিন মখোয়শিং অসিবু থাম্মিংতাই লৈতনা থাগচরি লোয়ননা ঐগী পুন্সিদা শিংবা অয়েংহীদবা লমন তোনশিল্লরে। অহুগা লাইরিক অসি অথুবা মতমদা কোংনবা হোৎনবদা অবা-অনা কয়া থাংদুনা কয়া হোৎনবিখিবা আরঃ কেঃ প্রিন্টিং প্রেসকী প্রোঃপাইটর অমদি প্রেসকী ইচিল-ইনাও খুদিংমকপুস্তু পুন্সিগী কাওজরোই।

অহুগা ইমমদম কংলৈপাক অসিগী তাংলবা খুদাক্তা পানাগী মথুংদা নাইতোম তানা লৈরিবা পাং অসিগী মরমদা লৈখাক-দুনা হৈত হৈত ইকখিবা পিক্রবা লাইরিক মচা অসিবু মীয়াম্না পাদুনা নৈমখিবদি পাংত্রবা ঐগী হোৎনজমল মহৈ মপুনা য়াওহনবীরে থজগে অহুগা লোয়ননা ঐনা হৈত-হৈক্ত সাহিত্যব

পামজবদগী "ঈপূন পাংবী" মরমদা মপুং ওইনা শৈথাজহুনা ইজ্জখিবা লাইব্রিক মচা অসিবু কনাগুম্বশিংনা পাবীবদা অহেনবা ১ দি মরাংপা য়াওবা খোংনবীহুনা তাকপিরকপা থুদিংমকপু তরাম্না লৌশিজগনি লোয়ননা মথংগী থুংনমদা চুমথোক্লবা হোংনজগনি।

**N.B.** করিগুম্বা অমনা লাইব্রিক অসি অশানবদা তাংকক ১৪ খক্তমক ওইহনরম্বনি অহুবু মরক্তা তাংকক অমা অমুক তাপচিনজখ্রে মসিগীদমক থুংহৈ ওইরিবৈদা পাবীখিবশিংনা য়ারৌ-বীব্রাই নীংবে।

এম: আই: খান
( মু: ইসলাউদ্দিন খান )

তাং ৫-৭-২০০০ ইং।

# অরানবা ৱাহৈ চুমথোকপা

| অরানবা ৱাহৈ | অচুম্বা ৱাহৈ | লমায়-পরেং |
| --- | --- | --- |
| ওইরম্মী | ওইরম্বী | ৩ ৬ |
| কাদোংনা | কায়দোংনা | ৩ ৮ |
| লাম্মী | লাম্মী | ৩ ৯ |
| লাই | লাংও | ৩ ১৫ |
| ওইনিংদা | ওইনিদা | ৪ ১৫ |
| থনখ্রে | থুমখ্রে | ৫ ৩ |
| থমবী | থনবীন্নু | ৭ ১৪ |
| তাজ্ঞব্রনা | তাজুক্রনা | ৮ ৬ |
| তম্ববা | তম্ববা | ৯ ৭ |
| খল্লিবা | খল্লিবরা | ৯ ২১ |
| লৈরংং | লৈরাং | ১৩ ১১ |
| উদাবী | উকাবী | ১৬ ১৬ |
| তৌজ্রাদা | তৌথ্রাদা | ১৬ ২০ |
| নৈলোন | নৈনোন | ১৭ ৮ |
| কুম্বনি | কুম্বদি | ১৮ ১৮ |
| নঙমু | নঙমু | ২০ ৮ |

| অশুদ্ধ পাঠ | অশুদ্ধ পাঠ | পৃষ্ঠা-পংক্তি |
|---|---|---|
| রাজু | রাজু | ২১ ৮ |
| লৈরোল্ল্‌ষ্ম | লৈরোল্ল্‌ংষ্ম | ২৩ ২০ |
| লিজলি | বিজলী | ২৬ ২ |
| বোদোলনা | পোদোলনা | ২৬ ৩ |
| ফুফায়না | ফুগায়না | ২৮ ৬ |
| ইরোল্ল্‌দৈ | ইরোল্ল্‌ংদৈ | ২৮ ১০ |
| থেক-খোইনা | থেক-খোইনা | ২৯ ১২ |
| ফংশনবনি | ফংদবনি | ৩০ ১০ |
| লৈরম্মী | লৈরম্মি | ৩০ ১৬ |
| লক্রম্মী | লাক্রম্মী | ৩৭ ৯ |
| "ঈপুম পাৎ" | "ইপুম পাৎ" | ৩৮ ৪ |
| থীংদবরা | থীংবদরা | ৪২ ১০ |
| মরিং | মরিল | ৪৩ ১২ |
| থোল্দ্রিতৈ | থোল্দ্রিতৈ | ৪৪ ৩ |
| ঙাগুদদি | ঙাগুনদ্রি | ৪৬ ১৫ |
| তিল্লাং | তিল | ৪৮ ৭ |
| লৈনা | লৈরাংনা | ৪৮ ১৪ |

# ঈপুন পাৎ

( ১ )

কংলৈ ইমাগীদি লেমজকম,
থুমাই পানাগীদি তোমখিলও,
হে! নীংথিবী ঈপুন পাৎ।

মালংগী ইপোম্মা হারবা
সন্ধ্যাগী ইপোম মরক্তা,
লেংকাংন' মরক্তা লৈশাং তম্মিনৌ।

নীচা পোকপীগী মথাদা
চীং লেম্বী ইমানা,
য়াম্ভে-পাদে হাকপীয়ু।

—০—

( ২ )

মনা পূংবা পামেলগী
বাত্তোল-উত্তোল লাম্নক্রা,
নোংপোকী খোইমু খোইরাবা
লাইজথক্তা ঙংলগা
মপূগী খুভম ও ক্রিবা,
ভাইবঙ কুম্মৈ য়াওব্রিবা-
অহিঙগী লৈচিল অঈংবনা
লিন্নি মালঙদা ভাওহুনা,
পাৎকী অতিথি ওইরিবৈ।
খোইমু চীরোল লাক্লুনা,
ঈপাহক্তা রৈহুনা
ঈপুন দৃশ্য হাম্নখি।
শাগৈ মৌনা খুদাদা,
মীৎকম হোংদ' য়েংলিবৈ
মীৎস্না খোগল ওইরিবৈ।
পম্বৌ কাগী বিংতোলস্থ,
নিংতোল পূক্নিং চমাওকৈ,
খর্ম্মোয় পাউদি কোংলমদে।
অয়ুকী লিক্লানা লিক্লা ওই,
য়ুম্নানা জগোই শান্নিবৈ
ঈপুনগী কুম্মৈদি য়েংজখি। ✿

( ৩ )

লৈমৈ লম্বা তারাকপি,
ঈবোমুংদৈ থাহুবী,
তেতৈ মচীল অতুম্বী।
তকশি হংশক কাইদবী
লৈম্ম হকশম তমজবী,
চেক্লাগী থকফম ওইরম্বী।
নৈরায় পানগী তারদা
শেবাং পয়েং কাদোংনা;
ঈপুনগী লাম্মী ওইরম্বী।
লিংজেল মায়র' কায়দোংনা
পাৎকী নংশা হাণ্ডুনা,
ঈপুন মাবু শংলম্মী।
য়েংবীবা মীনা থওগনি
ঈপুন পাৎকী নীংথিবা,
লাই য়েংমীংনা য়েংলোলাও।
মচীল পার' পোম্বীদি
ঈপুন পাৎকী বাবীদৈ,
নমু ঐখোয়দি থওবীদে।
পামেল উশা কুংলবা
উদগী চাউবা "খোংনাংদো"
পাৎকী পামেল ওইরিয়ে।

লাইজ ঈশিং ঈপাক্তা
মায়ংথাং শকথেং ওইরিয়ে,
পামেল পুন্সি লের্মায়ে।
য়েলহৌটৈ' শককম থরদি
পামেল মানা কল্লিযে,
পাংকী দংশ্য কাপ্পুনা।
লাইজ মপাল তাং,
তাইবঙ খোংগল লৌ,
পামেল পুন্সিহিং।
ঈরু ঈশিংনি তাক,
মপুগী শিন্না পাঙ,
খুন্না পুন্সি শাঙ।
লংওনে নোংমতং লাওনে,
মীংকম হোংদ' য়েংশিলাও,
মীংথেং শক্কম ওইনিংদা।
বাখলগী ঈপাক নত্তে,
প্রকৃতি মাগী ঈপাকি,
ঈবোইসি লাও লাইজবা
উপা লোইসি ঈরাবদা,
লোংবা লোইসি লাইজদা,
লাইজ পোক্কি শক্নুনা।
—০—

( ৪ )

মাতম্রে, মরি শামম্রে
উহৈ "খোমোঙ্" উম্রে,
লৈরাঙগী মনি থনম্রে ।

লোপ্লোক্তবা মতম অমা
মরাল শীবা মীনা,
চাউথংপগী মেরুবনি থনম্রে ।

পামেল উন্বা ফাক্র'দি
মালেম মৈশা লাংহৌনি ;
অতুগী শক্লোন হোংখ্রনি ।

থংদবা তাইবঙ মীওইনা
থঙ্গ্রবস্ত মশাগী মখোৎ
মবীং তমকবা লাংলিনা ।

রাখল লৌশিং লৈরবস্ত
ঈপুন পাংকি লোয়মিদে ;
উহৈ চয়োং মাঙহনখি ।

লৈরোং নাইরবা লৈরাংরস্ত
মশক মচু হোংম্রে ;
ঈপুন খোঙবান্দি মঙৈরি ।

—০—

( ৫ )

"লাইরম খোংনাং" কোক্তোন্দা
পুন্সি হকচিং লাংলিবা
হা উচেক লাংজ্যা ( লাংঙ্গা )।
কৈরাথক্তা ফমনা
করি য়েংবা পাম্বনো,
লম্বকী উচেক লাংজ্যা ( লংঙা )
থা ৬ কী লম্বীবু উই হায়মবা
করি লমদম্গীবু লাকপনো ;
ঈপুম মপানগী পামেলদা।
হায়রম্মু চেক্লা হায়রম্মু,
চহীগী খোঙচৎ শেম্নগা
পামেলগী কায়দোং লৌরিব।
নশানৌ লম্নি থন্দুনা
চেক্লা ওইনা লাকপনা,
হায়রম্মু উচেকও তাক্লম্মু।
মপাউ 'মাদি থঙহৌগে ;
হায়রু কদায়দা য়তাক্কই,
লোইবী কয়াবু লামগা
পুক্রিংগী দৃশ্য মথুনা
অশিবা শাদি তাউদেহে;
শাহিং চাবা উচেকও।

য়েংজো নমীং পেন্না
পোশ্বাজো, কৈন্না 'থক্তা
পাংকি নীংশিবা য়েংজুনা

অন্নাম খোৌরাং' কোকনি,
দৃশ্য মখল স্পুবনি,
মীৎকম হোংদনা য়েংউনে।

ইচম চম্মদি থনখিনু
ঈপুন মায়থোং উন্নগা;
চেক্লা পূক্লিং তয়াংনা।

নপামগুম লাকপা ওইরগা
পাংকি নীংখিবা পুবীখে',
রান্না শীঙবুল ওইমক্ল।

তোয়না শাখপ তোন্নমকউ,
কুম কা'গে থনবী;
পাংসে মগুন লৈবনি।

—০—

( ৬ )

হো! ঈরুজাগ লাক্লগা
থোঙ্গা 'থক্তা ফমহনা,
হেক খোঙ্গায় কানথদি।

করি রাখল খল্লিবা
খুদা 'থকি থোঙ্গাদা ;
তাজুরনা তুমিন লৈবদি।

লাইজ ইরাং হৌরকপা
সুমিদাংবাই সন্ধ্যাদা,
ইরাকুরবা নডগী রাখলদে:

"হরি" মিংলেন শকপনা
সুংশি সুরবু খোংজক্লে ;
খম্মোয় কিশি খোক্লোবা।

কনাগী খম্মোয়বু হরিবা,
করি মতবু মতলিবা,
ঈপুন পাৎকি খল্লুনা।

পুক্লিং মকা লাম্বগী
নপাত্ত খরদি তাগেহে,
চিংনা রাখল খল্লু।

মতুন লৈবা পাৎসিগী
মল্লিক তমজনীংবা থইরি ন,
কিয় মুপা খে.লু।

( ২ )

মচু শোয়দনা লৈগনি
সাহিত্য লৈচল শেম্বদা;
প্রকৃতি খুদোলনা মাঙকদে।
হায়য়ু, চিংনদনা হায়য়ু ;
হায়য়ু, কিন্তু হায়য়ু ;
"ঈপুন" ইরৈবাক্কী পাৎনি।
পুক্নিং বাখল লিক্রিরৈ,
কোয়ৌ মমি শামথ্রনি,
বাখল ইপোম নেমথ্রনি।
ইমাগী খুদোল তম্নবা
সাহিত্যগী লৈমাং লেঙকপদা,
লৈকাই কনাবু কিরিবা।
ঈরু ঈশেংনি তাকপদা,
করিগী মীনোক তলিবা,
পূক্নিংগী কৈথেল থিংহুনা।
হায়য়ুমে মিপা হায়য়ু,
মীনোক কিবগীদমক্তা,
থমোয় মচীন থোক্লোবা।
নাক-মেৎ খুজাগী,
লৈনমম্বা মুংশি মমিশিং,
লাপথোক্লরকপগীবু থজিবা, মথৌদাংগুম

নত্রগা, চীংনা ইকোই কোইশিনবা
সনা লৈবাক কোম্লিবা
অপোকপী ইমাবু নীংশিংলিবরা ?
নোংজু-পাম্বা ওইরিবৈ
উংলেন ফৌমা নাইদ্রিবৈ
তিলোই কে.কফাই নাম্লিংবৈ।

ককবা নীংথিবা অঙাংবনা
অতিয়া কুক-কুক ইম্রিবৈ
পামেল মমীৎ পাংলিবৈ।

মুজাগী চুবা মাকমদা
শম্রাংনা ঝম-ঝম
শীংথেলগী লাংবাহু মতাইদে।

লালু লৈশাংনা থনবনে
পোকাই মাম্রিক্লা থীওবনে
ঈপুন মবুক্লা থনবনে।

হো! কম্রাবু কজরিবা
চম্না মশকপু থোকইদে
ঈপুন পাৎসিদি করিনো।

মীৎনা উবা লৈকোম্লা
মহৌশা লৈবা দৃশ্যরা
'সিবু লেংকম থোকত্রা?

—০—

( ৭ )

লাওঃ লাও য়েংশিলাও.
ঈপুনগী শৈরেং ইশিলাও,
মশক মশুন তাকশিলাও।
"কোর্বাক" মাংদা থমশিলাও,
নৈয়াংগী নৈশিং থাশিলাও.
ঈপুন ইমাগীনি উৎশিলাও।
লরায় মপান পয়েংসে
করো নাপীমা ক্ষিবাল নাই.
প্রকৃতিগী ফিদা ওইরিদো।
অন্না পোখা শক্লুমা,
মীৎকুপ 'মত্তা কয়খো ;
লম্বীদা চৎলিবা শকহেনবও।
হোই-মাই হায়দনা
খোওবাল হেক লানখিন্নু,
নৈকোল পুখ্রি মীয়াইবীমা।
ঈপুন খোওবাল লাগ্নিরৈ.
হুনা 'মুক্ত য়েংলন্নু
মমল নাইদে থল্লবন্নু।
পুক্নিং থম্মোয় ঈংনব,
য়াথলগী মৈশা কোক্নবা ;
থৌওকপগী হমাং হন্নিনখিনবা।

হকচিৎ লাংকম ৱাক্তিনে,
লাইজগী ঈথকসে ঊংবনি ;
পন্থ-পন্থখো ফম্মখো।
কনাগী মৈচাক পুম্নক
ঈপুন দৃশ্যনা চামগনি ;
ঈপুন পাৎ, তাইবঙ মীশিংগীদমক হিংবনি
অহুবু, কবিগুরুনা মদি হায়খোগে,
"ছৌরক্রিবা থম্মোয় ইপোমদো
করম্বা ঙনোক্তগীনো হায়রম্মু"।
লোথুপ নৈবদি ওইখিন্নু,
ঈপুন দৃশ্য লোৎখিন্নু
মন্দিরগী নৈরাংনি মন্দিরগী।
নদোম থম্মোয়দা লোৎখিন্নু
ঈপুন পাৎকি নীংখিবা ;
নৈরাং ওইনা থেৎপীয়ু।
কনাগীম্নু মক্তে পাৎসে,
পোক্কম ইমাগী পাৎনি,
লেমজনবা ঐখোয়গী খোদাংনি।
নীংখিবগী মথক্তা নীংখিবা,
পালেম অপোকপীবা লেমজনবা
মচা ঐখোয়গীনি ঐখোয়গী।"

—৪—

(৮)

ইঙা থাগী, নোংলকি
কংবোকং লৈশাং ময়ক্তা,
খোইমু খোইরেল ঙংলরিবা।
করি খোইমু ওইরিবা,
লৈকোল খুদিং তোঙনবা
লমদম্নবা জাতুরা, খোইমুও।
খোইমু নখোয় উজরকপয়া?
অতোপ্পা লৈকোন্দা 'সিগুম্না,
লৈহী মরাং হৌজবা।
কাউরম্লোই, নখোয়দি খোইমুনি
লৈহী খিবা জাংনিনা;
লৈরংং মশক তাকপা।
তাক্লগু ঈপুন দশ্যাগী
লৈকোলক্তা ঙংলরিবা
খোইমু নঙবা, খুজাদা।
রাংমা কাওপকি নিংতোলশিংনা,
কোক্ত চেংহী লুক্লিম্নখিবা,
মুংশি শম্বাল লাংমিন্নখিবদি উহৌদ্রা?
মপাম লমদম পাদোক্তুনা,
মানজা মতুং ইনখিবগী
নিংতোলশিংগী পীরাংদো, য়েংহৌব্রা?।

ঈপুন লাইজদা ভিলহৌরি;
পন্থৌগী শঙ্গাই শংহৌরি;
মানজগী মোংফমদা পাংথ্রংশু।

থম্মা থাংজিং মথক্তা,
কৌনা মপাল মরক্তা,
খোইমু খোঙবু ওইরম্বা।

লেম্লৈ কাবৌঙানা তাও,
কৌজেং-হারৌনা নিন,
পাংকি কুম্মৈ পাংলম্বা।

অশোঙবা ফুম মরক্তা,
চেক্লা "উরেন" লোত্তুম্না,
তুম-তুম "উথুম্না" খোংলম্বা।

সুংশি খোঞ্জেলগী খোঙ্ঘাংনা,
অচিকপা খুঙ্গাগী মীশিংনা,
শুন লৈবী পাংনি তাকচবা।

লমগী তাসু চেক্লা
"শরিং-হোংঙাই" কয়ানা
মপুন্সি চাক্তা ওইরম্মী।

চেক্লাগী অরা-সুংঙাইদা,
ঈপুন মথোয় কাজরম্মী;
হো! খোইমু পাংসিদা।

নুমিদাংবাইগী মত্তমদা
পোন্নী শাখপ তন্নীরিবৈ,
"তাউবা" খোঞ্জেলদা কিজখি।
তাউবা খোঞ্জেল তাবদা
পোন্নী মতু পোঞখি;
অরাবদা নংসু য়াওখিবরা।
চেক্লা মত্তৌ উবদা
ঈপুম্না কয়া রাখিবা,
খোইমু অমুক্তা হায়রম্মু।
অরাবা মশক খংডমদে;
খোইমু নরোল শেংলম্মু,
লোম্বোক্রবী ঈপুনগা মান্নখিনু।
ঈপুন্দি য়ারা ফোংডমদনা,
লোম্বোকবগী তা রানিনে,
পুন্সি মথৌদি কনবীনি।
চাকথুম চঙবা মীনা
চফুগী অরাবা খঙবগুম;
ঈপুম্না লমদমসিগী রাজবীরি।
সন্ধ্যাগী কেরৌনা খুদাদা,
সবাগী লৈ শাৎপগুম,
ঈরোয়ুংদা ঈপুন শাৎলিনে।
—০—

( ৯ )

হো ! ঙা লেম্লেও,

ঈপুন পাংকি লেম্লেও;

লেম্লে ঙা-ও, লেম্লেও ।

থম্না থবাল মরক্তা,

শাম্নখিবা, চেন-চোংহুনা

ফংলকপ্রা হাম্লু, ফংলকপ্রা ?

কবোকং মরা মরকী,

ঙমু, ঙাক্রা, উকাবী ;

লোচ্চখিবা অহুবু ম্যাঙম্নিবরা ?

পেংবা, ঙাহৌগী মহুৎনা ?

মুকঙাসু, হুরলাউবীম্র

ঈপুন পাংকী লেম্লেও ।

ঙানপ শঙ্গ চম্লাংদা,

বানপলৈশুম চিরুম্বা,

ঙসিদি লেম্লেশিংদো উদয়ে ।

লেম্লে শমজেং উনাবী ;

লেম্লে ঙারা থেংনখি

লৈতাংজকি পাৎসিদা ।

লাইজ নাপী হাবুংগী,

লৈরায় মপান তৌত্রাদা,

থজিং তোয়োনা থমখিয়ে ।



ঈপুৰ পাং

ইমুং থাবলগী অয়ুক্তা,
কোরৌগী মঙাম্না লাকপদা
লৈমৈগী ইরাং হৌখিবা।
ইঙ্গিং লোম্খোল কমথনা,
ইরাংঙাগী শাথেক্তা,
ঈন-পোরা থাম্বৈ।
নুমিদাং মৈরা চুত্না
নংলোন ঙাগী চিন্থোদা,
লৈরায় মীনা থাওনজে।
নোংখিবী পাংনি নোংখিবী,
ঈংনা তম্না লেমজবী,
থুরাই পানাগী মনুংদা।
মশা নানবা থাজোম্না,
শঙ্গ-শঙ্গ লৈরিবৈ,
শংফেল ঈন্না মীহৌবৈ।
থাক্রা অতাওবা, থাপেম্না,
থারিল লৈনামু কাখিদা;
লৈরমথি ঈপুন পাংসিদা।
খুঙ্গাশিংগী পুন্সি ওই,
ইরৈবাকী ইরল ওই,
লোৎনা লৈরিবা পাংনিরে।

—□—

( ১০ )

থাবল্লৈ লৈনম হাবা
"পুনিমা" থাগী থাজনা
ঈপুন পাত্তা ঈরম্মী ।

লূরবা লাইজ ঈশিংদা
মায়খোং চামগে কুম্লকপরা ?
ঈপুন ঈয়োন্দা শাংলবা।

নঙগী মায়খোং য়েংনীংবা
পাখং লৈশা করাবু,
ভাওহনগে থম্মা লাকপরা ?

যৌবন থম্মোয় তুলও,
নঙগী মলয়া ইপোমদা,
ঈপুন ঈথক হৌরেদো ।

মীগী অচিকপা থম্মোয়বু
থুগায়বা ভম্বা থাবলও ;
কনাবু কোথোকে থলিবা।

মশা নামবা মংলেমদা
খোংথাঙ লম্বী ভাকুনা,
ঈপুন লাইজদা কুম্বনি ।

লাও, খোরকত্ত য়েংহৌসি ;
ভমজিগী ইচলখোয় য়েংহৌয়ো লাও ;
পাংকি মীংথিবা কুম্মেসে ।

অহিঙনা থেংলগা চিকপনে,
কৌজেং-হায়েৌনা নিম্বনে,
পাৎকী শৈথাবা ভাহৌসি।
করি স্নরনো খঙল'দি
খুম্বংনহুম্বা য়াওম্নবম্ন কোকনি,
প্রকৃতিগী খুদোলনি কাউরবম্না?
শাবী-শানৌগী তেংথাদি,
কেথ-নোথ হৈরগা,
ঈপুনগীদি করিগী তেংথানদরি।
থোৎ মেঙলবা লিম্নিদা
লৈরায়গী ইমাং চাক্লাও,
ভোকান নাক্তা ফমহুনা।
ঐগী মরূপ লাও,
মীরমগী পাৎ নহেনে,
ইরমদমগী অশেংবা পাৎনিনে।
লোৎনা ফজবনা থমথোংলবস্ন,
উবী য়েংবীদ্রবদি কনানস্ন,
লমথুংদ্রবী অরোৎপা লনগুম্বনি।
উহল্লিংই লৈরাংসে সংসারদা
শাৎলবনি ভাইবঙগী ওইনা,
লৈগুম্না ইরমদমগীমক পাৎসিনা।
—০—

( ১১ )

করি য়াবা হায়নীংবা
ঈংনা তম্মী ঐঙোন্দা :
নদোম তুমিম লেপ্পবু ।
ঈশুন শাগেদি হায়ত্রগা
করিগী নথুং তুংবুন্নরিবা,
য়োক্লিং থুরবা ষম্মিগুম ।
হায়নীংবা নপাউ তায়দাকউ
নঙমু মীনিনে মী,
তাইবঙগী মীবু নত্ত্রা ? ।
চাংমী তম্মীগী কিশিবু
থোক্তনবা, চেৎনা যাঙবা
পান্তৃমিনে পাৎ লমদমসিগী ।
তুংশি চৈর চেৎপনা,
থম্মোয়গী লৈরাং ওইবনি,
নথোয় নরৈবাক লমগী ।
নীংথিজবা নিংঙোলগী কুম্মেনা
হিয়াঙ্গৈ থাগী ফিজোল ওই,
লমদমসিবু হেন্না ফজহল্লি ।
ক্লেংঙনে চাংমী হৱাওসগী,
থোম্বাংগী থোঞ্জেল কয়ানা,
লমদমসিদা লোংদনা লৈরিবা ।

"ঈদ-উল-মিলন" ঃদি "লাই-হরাওবগী"
শৈথা খোঞ্জেল কয়ানা,
লমদমসিবু 'মুকহেন্না ফজহন্নি।

হরাও মীৎয়েং থমহনা,
হুংশি মরিগীতা ফোংবদা,
ঈপুন পৃথিবীদা ভানগনি।

"তুলশিবৃন্দা" লাইজ থম,
"ব্রজ-থমদা" ঈশিং চঙ,
লাইনীং চেৎপনা থোগনি।

—০—

( ১২ )

জঁর-জর হোনখিবা হিপী;
ইথক ইপোমদি লৈহৌরি,
থম্মোয় চোম্না থনবমথৈ।
হিমায় চুমখিবা মুপা,
বারি শীংবুল তাউহৌরে,
ঈপুন লাইজ ঈপাক্তা।
মীপী হিয়াং কুম্মদা
প্রকৃতি মাসু উজখি,
নোংমা হিয়াং তান্নখিবা।
কৌক্রু, থাংজিং য়েংজখি;
পাংকি ইনোং হাপ্তুনা,
হমু-হনা য়েংজখি।
শাবী-শানৌ ময়ক্তা,
নবানা চৈরকথং তান্নখি;
চয়াং পাইবশুম পাইনখি।
হো হায়যু লাউমখি,
পম্বং য়োবা তান্নখি
মুংশিংকুম য়াওখি, হিহোনবা।
অতিয়ানা "পে," খমগা,
ঈপুন কখাল লাংজখি
লিক্লাং পরেংনা থনবমথৈ।

ইপুন লাইজ লাংজখি,
তনিক-তনিক নীংথিখি,
লৈরায় চাংজৌনা নৌজখি।
অঙম অথৌনা য়েংনখি,
মনিংগী মীৎয়েং ওইনখি,
ইপুন দৃশ্যদি হাল্লমদে।
খুঙা অনৌগী মরক্তা,
ইপুন মপোম লৈহৌই;
নীংবা কায়না মথক্তা।
ইপুন পাংনা হংহৌই!
শাস্তি লৈবী লৈকোন্নি,
তাঙনা ফংবা মফমনি।
"নীংথিবী ঐঙা বাহৌরে
থম্মোয় কল্লিদা নথোয়সে"
মপোম তুমিন লোম্দুনা।
ইমমদমগী পাংনি ইমমদমগী,
চাউখৎপগী মশা মন্নেংদা
সংসার খুঙনা ভালহনসি।
লোইবী চীংগুম বাংনীংবা,
লৈরোম্গুম ঈংনীংবা,
তোপ-তোপ্পা পাংনিনে।

লাও, হৌজিকসু লাও;
নৌ পাম্বখিসি লাও;
হো হায়য়ু লাউখিসি।
লৈরায়দা লিক্লাং চল্লগা
লাইজদা হি হোনখিসি,
হিথাফম হিথুংফম নীংখিনে।
অওইবমক য়ানি ইরৈচা,
হোনসি পাৎসিগী হি,
হোনসি চীং লৈবাক্কী হি।
খুজেং পালোই-লাক,
লাইক্ত তম্না কুম্লগা
হিকুপ্পুংদা লেপসি।
শিন্নরক্লবসু মিৎকী পি,
চিহোলম্পুংবা তুগুশি,
নীংতমজরবা ঈরৈবাক মচানি।
চিহোল লমজেল তান্নবা,
শান্নরোইশিংগী পার্ক ওইহন্নসি;
লমদমসে ঐখোয়গীনি; নত্রনে?।
ইরৈবাক মশক তাকপদা,
শান্নরোই' খোদাং চাওই;
নহাশিং নশাগী খোদা পাংলসি।
—০—

(১২)

মতম্ কনানা মোংপগে,
তাইবঙ্ রাখলনা মোংপনি,
মায়সি লিংজেল, অমত্তা ওইনা।

অহিং ওইরে অহিঙ্ ওই,
নুংথিল ওইরে নুংথিল ওই,
লৈরিনে মতমদি লেংদনা।

সনাগী দোলাই লৈতনা,
দোলাইথক্তা কয়াংলোই ;
দোলাই শেম্বদি লাইবিনে।

মাঙ্গবা নুংশি মরিদো
নোংজোমনা 'মুক খোমজিন্নসি,
ঐখোয় ইচিল-ইনাওনি।

মৈতৈ "মনিগী" শক্লাই,
মৈকনথি পাঙল ময়ামন্ন,
ঈপুন রাংমা লায়গা।

পোইরুগী কৌঙল পুনহনা,
ইখোল শারেং কাম্মিয়ে ;
অয়ে-লৈঙ চাম্মিয়ে।

লেয়ে লোক্নে লোকমিয়ে,
পৌয়া-হজেল থামিয়ে,
ইচে-ইচল কৌমিয়ে।

ইনকম ব্রাংম-ব্রাংমদা
চাউখংপগী লিজলি লাক্লিটৈং,
মুংশির' ঝোদোলনা শকথঙবৈ

অরৈ-লৈত থায়দনা
শিদ-হিদাক পীনরম্বা ;
মাঙখিদোরে, অনৌবা য়াওলনা

চন্নকম লৈতবা লৈশুম্না
অয়েম্বদা লৈমন চনখিন্ত্রা,
মসিনি পাংসিনা ব্রাজবা ।

—0—

( ১৪ )

লিরি শিংপা সুংশিত্তা
থাবজনা ইপোম চৌ,
মেরা থাঙ্গী পুন্নিমাদো।
অতিয়ানা পুমঙং ঙং,
পামেলবা মথোয় কা.
মালেম্মা পুম্নৌ-নৌ।
ঈপুন পাংকি লাইজনা
ইরোং থিংজেলদা পন্দুনা.
অনৌবা দৃশ্য থোকহল্লি।
পূক্লিং কয়াদবু হুরিবা ;
তাইবঙ শেবা মহাকী.
করি খুদোলবু ওইরিবা।

—০—

( ১৫ )

থোরক্রো থুম্বাশিং য়েংহৌরো,
মহৌশা উদবা লৈরাং ’মা
হৌরম্মে ঈপুন লৈকোন্দা।

কুক-কুক ইন্নবা নারক্পা,
লৈরাংনা তম্পা যাঙ্গুম
ফুম্বায়না ঝুম ঝুম শাংপসে।

মাস্নি, লৈরাং “থারিকথা”
ঈপুন পাংকি তোমথিলগে;
নত্তা ংবালগী উংশিন্না?।

ইরোম্নুদে পোমজরক,
খুত্তম তানা পুম্বুরক,
লৈকা শম্না শাংনরক।

হায়য়ু লৈরাং নহাকপু,
পাখং শোইগী পাত্তগী,
ঈপুন পাংসিদা ংবরা?।

থেংনখিদে, মমাঙদা হাম্না;
শাংজম্বা, লৈরাং নওদি;
হায়রম্মু, শাংলম্বা তাক্রম্মু।

থায়না নিংথৌ পাম্নিটৈ,
“লৈস্না” ওইখিবরদি খওদেদো,
লৈরাংগী হৌরকফম তাকপীয়ু।

লাইজসিগী লৈশাং ওইবনা
হেন্না লৈশাং লূপ্রিবা,
লৈৰাংগী হৌরককম তাকপীৰ।

—০—

( ১৬ )

হৌজিকী ইপুন পাং
ল'ইরম মরিল ওইরম্মী,
শায়না মতম অমদা।
"পাখংশোঙ্ক" লুথুমদগী হৌজরক,
অতোম লৈকাইদে কাওথংলক,
থুমন লম্পাক কাওখিলক।
সনা কোন্নুং তমখিলক,
ইনিংথৌগী কংলাদা তাখিলক,
থেক-খোইনা ওইরম্বা মরিলনি।
"পামহৈবা" নিংথৌগী হাক্তকাও,
চৈংথুংগী উজাও-রাজাও
হিয়াং-হিরেন পুথককম ওইরম্মী হায়!!

ইরিম তুরেন্দে পুরক্লগা
ঈপুন মরীল তরক্লা,
ইস্কাল তুরেন্দা কুমজখি।

হিয়াং – হিরেন য়োৌজখি,
সনা কোন্নুং তাজখি,
নিংথৌগী ইখোলদা চঙজখি।

লোৎপা ওইরয়ে, লৈরিনে;
ঈপুন য়ারী হিংলকখিনি,
সনা কোন্নুংগী মকমদা।

খিদবনা কংগদবনি
খিবু খিরবদি, শোইদনা কংগনি;
ইরৈবাকসে য়ারী মাওবা হৌনদে।

য়ারী খওবা অহলশিং
অশিলাংদা থুপ্রবন;
ঈপুন পাত্তি থুদরি।

য়ারী খওবা লৈরম্বী,
খুজা ওইনা হিংজরি,
শিখিগদবা পামুইদা, ঈপুন সাহিত্য চঙত্রিনৈ

—০—

( ১৭ )

পামেল উশা রাশানা
    লাইজ কিথল থন্দুনা,
        লাইজ ঈশিং লূৰম্মী।
য়েম্পাক শাবা উরুম্না,
    লাইজদা ফিদা থারম্মী;
        অহুবু হৌজিক্তি মাঙগ্রে।
থুম্মাংলবা সুৰগী খোঙ্গেলদা,
    চীংনুংগী বিনা শারম্মী,
        অচিকপা মকমদগী মরুপকুম।
খোঙলম য়াৎপা মীশিংনা
    লাইজ থুদা কুম্নম্মী;
        পূক্লিংগী লাইজ শোক্রম্মী।
হয়ু-হনা, অঙাংনা,
    লাইজ খোঙবাল ঙাক্রম্মী;
        অশূকপা থিবিক্না থল্লম্মী।
কুইরক্লে মতম কুইরক্লে,
    ঈপুন পাৎ ওইরকপা,
        লাইজ শকফম হোংলকপা।
পামেল উ-ৰা কোক্লক্লে,
    মাগী মৈহৌয়োলদি লৈখিনি,
        অয়োনবা ইতিহাস ওইহুনা।

ঈপুন থিংঙেল থিংখিবা
কল্লি থৌদোকী থিংখিবা,
রামীঈরোমদা লম্প্রবোই।
অহুবু, লৈরম্মে লেংদনা,
ঈপুন পাত্তা তাউবম্বগুম,
লেংদ তুম্বিন লৈরম্মে।
ঈপান থানা লোইখিবগা
লাইরমগী য়েং-ওই কংজখি,
লাইজ ঈশিং তাকখি।
হৌজিক লৈরিবা পাংসিগী
ময়ায়মক্তদা ঈপনখি,
ঈযুং ওইবস্তু ক্ষাওরগী।
মতমচুদা মিংথেল পীবীখি,
ঈশিং পনফম্নি হায়দুনা
ঈপক্কগী "ঈপুন" কৌনখি।
লোইবী চীংলোম্না কোইশিনবা
কংলৈ ইমাগী মক্কমনি;
থিম্মু বামী ঈপুন ইতিহাসকি।'

—০—

( ১৮ )

চীংগী নৈ চীংদেশ্না,
নৈ হেকেরা, চীংদা কাও ;
শমজি নৈরাং চিন্নজো ।

ঈরাউখোল তাগেরা, লোক্রুংনা ;
নাম্বা খোঙ্গাংনা থম্নজো,
কুম্বী কালেন থাক্লিয়ে ।

তা ফাগেরা, পাত্তা কুম্মু,
লেম্রে খিম্মু তাকাবা ;
অকংবা তাদো নওগীনি ।

ক্ষোনা স্নেংগেরা, লৌবুক্তা ;
পাম্রৌ কাংথক নাইরুম্ন,
দৃশ্যদা তাওবনা নওগীনি ।

মপূনা শেম্বা মালেম
তক্রোইদবা মফম নৈতবগুম ;
ঈপূন মাম্নু 'মনি ।

মহৌশা লাইজসিগী ইতিহাস,
পাৎ ওইরক্লবগী বারী,
নৈনবা য়ানি ইতিহাসকায়শিংনা

কনানো খোরকউ হুংশিবা,
নখোৌদাংনি থম্না পাৎসিগী ;
ঈরম্ন ঈশেং ফংনমবা।

হঙোইগী শক্লোন লৌহ্না
ফন বাংমা লানথিন্নু,
ঈপুন মখোঁই হাপ্লপদনা।

—০—

( ১৯ )

হৈ লৈনা কোইশিনবা,
লৈকোল পুখ্রিগী শেমদুনা ;
ইরৈপাক্কী মিংচৎ খিল্লূনাও।
কনাগী পাথং-লৈশা,
কনাগী হন্থু-হনা,
মীৎকম হোংখিবা য়েংগেনে।
মীয়মগী মরূপসু ওইসনু,
ইথোলসিগী পাথংসু ওইসল্লু,
পূক্লিং তুকম ওইনি।
মতমদো হেক উবদা,
মীশক্কো চিত্রকার ওইত্রবদি ;
পাংকি মতুন অয়েবনি।
হায়! সিদি অতাওবনি,
ইথৌনা লৈতবগী রানিনে ;
মপূনা উনবনিনে, উম্মিংমম্না।
লৈপাক্লৈংগুম লৌংলবা চাংজৌথক্না,
তথায়বা খোঙনা য়াওবী থক্না,
মোন্দা অবায়বা থাওপনি।
মুখিদাংগী অমম্বা থুপায়বা,
নোংমদোল থাজগী মতাল,
থুংশেমগী খিজলিগী মৈতাল।

লাইজথক্তা তাবদা
করিগী বাখল পোক্লোই,
উরুবা পূংজা খুদিংদা।

মতংতুদা পূম্নমক খঙগনি
ঈপুন পাংপু চৈবীবা;
থৌদাং লৈত্তবা খম্মোয়শিং।

পামেলগী মন মরক্তা,
লৈরাংগী লৈশাং মরক্তা,
পোম্বী চীয়োলম্থ তাযগনি।

থোরকনি ভনৌবা দৃশ্য
থংশেমগী দৃশ্য হাপ্পদা,
মালি নঙতা থোয়কউ।

মশা পুংবা পামেলদা,
পোম্বী কায়লোং ওইরনি,
খোইমুত্ত লৈরাংশিংদা চংলনি

খঙদবা মীনা হায়গনি
করি দৃশ্য লৈত্তুনা,
ঈপুন অরেম্বা পাংনি।

—০—

( ২০ )

খা—খোংগী থুপ্তা,
মৈতৈ, পাঙল' পুন্সিদা ;
পাৎসিনা লৌরিবা থৌদাংসে ।
ভাইক্তাকস্ত তাউনে ৱার্রাংসে,
নাপ্পনা তাহৌবা চীঙ্তাংৱারীনি,
লাইওইথুবা অহল-লমন্দগী ।
খায়না নিংথৌ পাম্লিবৈ,
নিংথৌবে. মনাইশিংবে
লেইমা য়েংবা নক্তম্মী হায় ।
পুং-বজাই থিন্দুনা,
শামু নমদা তোংফুনা,
ইপুন তম্মা লাকথি হায় ।
সনা লিকোম্মা থব্রবা
অঙম্বা অঙম্বীগী মশুমা ;
লেইমা লোৎনা থাঙথি হায় ।
খুরাই পানা লমগী,
কোন্সম লৈকাই, খোমিদোকী,
মরক্তা লৈবা পাৎনি পাৎ ।
ওইনম্মী, কোংবা তুরেলগী ;
লাইজ ঈনোৎ কাৎকদম,
ঈপুন পাতা তিন্নকম ।

লৈবাক নিংথৌ পাটৈলিঙ,
মনীং তম্বা ওইরিবৈঙ,
হৌগ্রবা মতম ’মদা।
কুইত্রি "ঈপুম" পাৎ"
ঈপুন্দগী থৈরগা কোনখিবা,
পাৎসিগী অতোম্বা মমিং।

পানা ঙাকপা পোককম, পানালমগী
তাঙনা লৈবা পাৎমি;
মতমগী ইতিহাসকি চেনাদা।
অহুবু থা-ব্রাং অনীগী,
খুম্বা অনীগীতা নত্তে;
কংলৈ ইমাগী পাৎনি।

খুরাই পামাদা উনবা
মপুগী প্রকৃতি খুৎশেমগী পাৎমি;
কমানো মীৎয়েং থম্মিবা।
থমগন্থু তমখিবা রাথল,
শান্তিগী চানা য়েন্না
ইরৈবাক লম ঙাক্লিংবা।
জাৎকি রাথল থনবদা,
নীংথিবা হাম্বতুনা লৈত্তেংবা,
অহুনি পাৎসিনা পাম্মিবা।

মণ্ডলাংগী "ঈ" তাবস্নু,
ঈপুন মাদি পামজদে,
অথুবা রাখল থমগনু।

অহগী শক্তি লাও,
অনকপা অমাম্মা খায়দনা
পাংসি য়োকখংসি লাও।

খোয়থা লিনখা থাদনা,
ইমাগী মগুন হাপসি
হাসগী পেনবা নাইয়োইদা।

—০—

( ২১ )

থাপ্পা চীংশাং লেপ্লীবা
হয়চীং মত্তোন্দগী উরুরগদি,
অতিয়াগী মরুপ্পি হায়গনি।
উদে মাঙন্বা মকম,
অত্তোপ্পা মায়বা মকম,
পুক্নিং ধুক লাওনা হুবা।
চীংনুংগী মপাঙ্ট পুখিবা
থেক-খোয়বা ঈচেলগী,
লৈরাম চাংজো 'হুমক্নি।
লৈকাই অনীগী মরক্তা,
মোং-হাদনা ঈংনা
খোয়রপনা লৈবসে উরগা।
মতমদুগী শককম হোংলবা,
হৌজিক্কি থিংজেল থিংলবা
পাৎ ওনবা অসিক;ওবদা।
অওইনমক পুরিবা খৌদাং,
সাহিত্যগী মকম কন্নি
পাংসি পুখিলক্তা অতাওবনি।
রাখলগী তেম পায়বনা
শায়া কাপ্পওম কাপনীংগনি,
য়েংবীয়ুমে পুক্নিংতব চওনা। —□—

( ২২ )

কুমজিন মচীন ভবগা,
কুমগী নোং কৌবরা ?
গোরগা—গোরগা পোরোবী ।

কুনগী নোং কৌবদা
পাৎকি শৈথাম্ব মাঙহরা ?
অমুক্তা হায়মুদনা পোরোবী ।

নমদা নচা পোমগা
ঈপুন চেকয়া থুংবৰু,
তাক্তবিবা ইতিহাস থুম্লিবর ? ।

লাইজ ঈয়োক কোম্মি থম্না,
ঈপুন খুক্লাশিংদা
ঈপুন মশক তাক্লিবা ।

হো ! হৌজাই পোরোবী,
চীঙ্বাং বারীদো চুম্লে,
ঈপুন পাৎকি পাৎসিদা ।

কোন্সম "অমুথোই" কৌবনি,
ঈপুন থিংজেল মপুং কান্‌বা
লময়ানবা ওইখিদা মীশক্তো ।

অহুসী মতুং তাবদা,
নাক-য়েংকী খুঙ্গানা
খিংডেল মপুং ফাহনখি।

হায়য়ু, হত্তোই পোমোবী
নংখোমগী গোমগা শৈখাদা;
বাল্লী অসিস্থ থাদরা?।

—০—

( ২৩ )

ঙাম্বখো চিংনবা কোকচগে,
রাহং অমম্ভ হংজগে
অচুম্বরা-অরানবরা তাক্পীয় ।
মতম কুইরবগী 'মাংদা,
ঈপুন মরিলগী মনিংদা,
ইম্ফাল তুরেল কায়খি হায়
তুরেলগী ক্ষোলি লৈঙোয়না
ঈপুন মরিলদা তুংখি হায়,
থুজঙ ঈপাক ওইখি হায় ।
ঈম্ফাল তুরেল কাইবা থীংদবরা,
য়াইবী থরায় পানবী
থম্বাল কৌবী হাপখিবা ।
মীয়ামগী য়াইফনবা খম্বা,
য়াইবী থরায় থাখিবা,
রারী শীংবুলসি চুম্বরা ? ।
হান্নগী তুরেলগী মরিল
লৌবম্বাল খোন্দুনা থংখিবা,
মতম অহুদবু ওইরিবর ? ।
তুরেলগী মরিং থংপদা
লৈবরেল লাই, পাথংবখোয়না,
শাউবদগীবু থুগাইখিবরা পোরোবী

কংলৈ ভম্পাক লমগী
ঈচেল্লিবা ভুরেলশিং
অসিগী লৌনথাল থেঙ্গিলৈ।
হৌজিক ওইরিবা পাৎ,
ঈপুন পাংকি মরিলগা
ইম্ফাল ভুরেলগা শমুরশীনু হায়।
কুমগী নোং লাকপদা,
ইম্ফাল ভুরেল চাওখৎক্রুপদা (চাওরকপদা)
ঈনোংকি ঈচেল চেন্দুনা।
কোংবা মরিলদা তাজখি,
কাউশিং ঈন্বা তাওথখি,
অমুনবা হৈবোং তাওথখি।
মচুন্বা খুজাগী মীশিং,
কনা-কনা ভুরশিংনা
ইপুম ভুরেল-ইপুম ভুরেম কৌনরবরু পারোবী
উচেকবা নত্তেকো পোরোবী,
তাহৌবা থ্রীগী চুমরা
ঈশিংগী জীবও হায়বীয়ু।
ইম্ফাল ভুরেলগী লৌনথাল থীংবদা
ঈপুনগী মরিল করুনা
তোঙান্না থৈদোকপিরম্বা হায়রুবা।

( ২৪ )

পাউদমজহৌগে পোরোবী,
পাউদম্নম্বনি ঐঙোন্দা নোংমা,
ইপুন পাংকী ভেংথানি।

শান্তি পান্বী ইমাগী,
শান্তি পান্বী ওইরম্নে ;
থুজা অনীগীডা নত্তনা।

পাউখোল ওইনা চঞ্জরকপনি,
লোইবীশিং, তুরেলশিং,
হংনা-তুনা উবরা ?।

থা - থরানমিচাক,
শাগৈ-জাং থায়বরা ?
করিগী নুংশিমনা লৈমিন্নরি।

অদুগী ভাইবঙ নথোয়দি,
করিগী অহুক নুংশিমদে ;
মালেম্বু মীকপথোন্না মিলহনবমখৈ

মীনুংশি লৈত্রবা অহুগুম্বা
হে! ভাইবঙ মী ;
ওইরম্নবদি ঐবু নুংশিবীগনু।

পামদে ঐদি পামজদে,
মপাম্দা মী' থম্মোয়
"শা" ওইবা নখোয়না থাগৎপা!

ঈপুন ঐদি অতাওবীনি,
মালেম কৈদম্সু উরোই,
চিংনা লেম্না মীংথিজবা।

চীংলৈথাক লমগী ইঙ্খোলদা
পৃথি ঙাকপনা উনবনি;
থুমাই পানাদা হিংবনি।

লৈখোমদা হৌবা থম্বালগুম,
থুঙঙ লমদমদা শাৎপনি;
ঈপুন পাং, ঈপুন পাং।

লৈখোমদা হৌবা থম্বালদি
ঙাইবঙ মীশিংনা হেক্লগা,
ঈপুন্দি করিগী কবিশিংবা ঙাওদি।

কনানো মীৎয়েং থম্লিবা
অথুবা রাথলমা হূনা;
ঈমু নাইমু ঙানবা।

ওইরবা পাম্বা খম্বোরগী,
পাঙল থৌনা কংলমু,
অরেম্বদা মঙম, মাঙনবা।

খংঙু নখোয় খংঙু
পাংসিনা ঐখোয়বু খঙি,
ঐখোয়মু পাংসে কনসি।

হিংলি লোংনবা হিংলি,
ইথ্রুল লম্বীগী নোংচুপ্পা
পাঙে লম্বীগীনা নোংপোক্কা।

খুঙ্‌ অনীগী মরক্তা,
ইচা মরী মরক্তা,
ইমাগী লেমজকম ওইনা।

ঙিংগৌনরে শৌজিঙ্কি পাংসে,
“ইপুম পাং,” “ইপুম পাং,” মীশিংনা ;
ইপুন্দগী খৈয়গা ইপুম।

—o—

( ২৫ )

লৈ লৈ - লৈ,
লেংদ তুমিন লৈ.
ঈপুম ওইনা পাং।
চীংলৈবাক লমগী লৈকোলগী,
লৈকোল ঈশিং চাইনবা,
ল·ইজ মাসিন্থ অমনি।
তিমাং য়োংপমথৈ পামগনি,
মঙন লৈবী পাংনি;
মপুক্সি থোদাংনি থঙবনা।
নিংথৌ ভুয়েলগী মরূপ
হেক ওইগুম তৌই;
পাংসিগী অয়োমবা য়াখল।
খোইমুগী চীয়োল থঙজিবা,
পোমশাংনবা লৈনা অচিকপদা
লৈশাং তাইগুম তাইরি।
পুকচেল তমগী গুমা,
খুমা কনবগী থোদাং
য়ান্নিবা মতৌসি ঊবদা।
অহুবু তোম্ন-তায়' ওইবনা,
ইমাগী গুন্দি য়াংহনজমদে,
কচ্চরি ইমাগীদমক, হে! মপু।

পূক্সিং ফিত্নপ নাইদনা
অপোকপী ইমাগী মন্দিরদা,
ইমাগী লৈয়াং ওইহনবীয়ু।
অথাও কনবী ইমাগী
শিরাং শিন্নজবা মগুনা;
খোয়াংগী লমন্দি শীংওমদে।
ননাইবু রাজৌবীন্নু হে! মপূ,
করিম্নু ওমজদে ঐদি
নীংখিবী ইমাবু লেম্বানবী।
থুবাম থম্রবম্নু হয়াওনা
সাহিত্যগী মন্দিরনুংদা থম্বীয়ু;
তাওলবা খোজালগী চন্দনা।
তুরোই শয়োইবা ননাইনা,
কাকৈ-কাকৈ থাওলক্নি,
পাঙ্গল থৌনা হাম্মীম্নু।
ইমাবু নুংশিবা থওলকঁও,
ইমাগী সেবা পামক্নি;
পোকপীরম্বগী লমম্নি শক্নবা।
চিংখ-নাম্নক্নৌবা য়েংলগা,
হৈত-হৈত খুম্নক্নি
অরাং-অপা হাম্মীয়ু।

পাউমেঞ্জরকপিবা কয়ানিং
পাউদমজরকপদি খিত্তনি;
মরুপনি থনবীয়ু ইমাগী।
থম্মোয়দগী পাখ-চোখরকপনাং
সুংশিগী তেংথা ওইরক্নি;
কিগাও শানা ওকপীয়ু।
থেংপীয়ু ইমাগী নীংথৌবা
সনাগী লুহুন মতোন্দা;
ঈপুন পাংকি দশ্যসে।

—০—




এম: আই: খান
(মু: ইসওউদ্দিন খান
খোমিদোক

লোইরবা

# অইবগী মথংদা পুথোকচরক্কদবা লাইরিকশিংদি :-

(১) ‘‘হো ব্রা অমত্তা হায়গেবা’’ (শৈরেং)

(২) ‘‘ঐদি কিজে নঙগা লোয়নবা’’
All India Radio দা পাথোকখ্রবা Poem

(৩) ‘‘নকাব’’ (উপন্যাস)

(৪) ‘‘মমিং থোল্ড্রিবা’’ (ব্রারী মচা)

(৫) ঈরোম্মুংদৈ পোম্রকপা (নাতে রসুল)

করিগুম্বা অমনা তা ইবোবিনা ঐঙোন্দা ঈপুন লাইরম হৌরকপগী পাফল লাইয়েক অমা পিবিরকখি অদুবু খুদোংচাদবা খরা য়াওবদগী হাপচখিদ্রে। মদুগীদমক ব্রারৌবিরোই নীংজে।

অদুগা লাইরিক অসি নম্বদা শ্রী নিংথৌজম বিহারি সিংহ (মিনিষ্টর পঞ্চায়ত রাজ অমসুং জে: ডি:) না লুপা ৫০০ (চামঙা) মতেং তৌবিরকখিবগীদমক থাগৎচরি।